# ৱাহৌদোক

লাইশ্বিক অসি ঐহাক্না ইজবদি তশেংনমক মৈতৈ পুম্নাগী থক্নুং কাংলোন (Philosophy) অসি উৎথোকচনিংবদগী তৌজবনি, অসিগী অৱাৎ অপা পুন্নমক নিংশিংবিরক্কনি হায়না ৱাখল তৌজে।

সিদবা মপু লাইনিংথৌগী মতিক মঙ্গাই চাওখৎপা ওইসনু, মাইবিরেল লাইনিংথৌ সনামহিগী পাঙ্গলনা নিজবনি।

মাইক্ষবা ওইসনু।

৫ শুবা তাঙ্কক

# লাইনিংহনশিংনা ( গুরুশিংনা ) অসুমা হায়রে।

"সিদবা মপু লাইনিংথৌদি য়াইবি থরাইনি, অদুগা ইবুঙো মঙোন্দা থৌনিজরিবা খুদিংনা অচুম্বা অমস্তুং য়াইবি থরাইনা থৌথিজফম থোকই" 'অহিংবা লাইনিংথৌদি ঙাক্লায়রবা মঙালনি, অদুগা মহাক্কী মফমদা অমম্বা হায়বতু থুক লৈতে।"

কনাগুম্বা মীওই অমনা মহৌশাগী ওইবা ৱাখল্দা চুংনা লেপতুনা লৈবা উয়বদি পুম্নমকপু শেম্বীবা ৱাংথৈ ইববা লাইনিংথৌ অমা লৈ হায়না থাজফম থোকই। যেক্লোড়েগী মতমদা মীওইবা খুদিংমক্কা পুম্নমকপু শেম্বীবা "মপু" অমা লৈ হায়না থাজনরম্মী, মরমদি শেম্বীবা য়াউদনা করিগুম্বা পোং অমত্তা ওইরক্তে, মওং তাহনবিবা য়াউদনা মওং তারকপা উমদে হায়বা চপ চানা থাজবা লৈনবম্মী।

থরাই পীনবিবা ইবুংঙো মহাক নত্তনা থরাহ হাপ্পা উমদে, মরম অমা লৈতনা থৌদোক থোকপা য়াদে। শাশলশিংনা করিগুম্বা পোং অমত্ত শেম্বা উমদে মরমদি মখোয়দা অহিংবা লাইনিংথৌগী ওইবা তৌবা ঙম্বা মতিক মন্নাই অদু য়াদ্দে। তাইবং মীওইবদদি ইবুংঙো মহাক্কী ওইবা তৌবা ঙম্বা মতিক মন্নাই অদু চপ চানা য়াউরিবনি। মরম অসিনা তাইবং

মীওইবনা অঙক অঙকপা থবক পাংথোক্নুনা ঈশ্বরগী হেক ঙম্মথংদা লৈরিবনি।

মমাংঙৈগী মতমদস্থ হৌজিক্কী মতমদস্থ কনা কনাগুম্বা মীওইশিংনা ৱাহং কযামকম হংবা লৈ মন্থুদি— ঈশ্বর (অহিংবা লাইনিংথৌ) হায়বা অসি কনানো— মহাক কদায়দা লৈবগে? মহাক কদাযদগী লাকপনো? মহাক করি তৌরি? মহাক্কী মওং মতৌ অসি করম তৌবগে? ৱাহং অসি হংকম থোকপা পুন্নমক্কী ওইবা ৱাফমনি। খ্বায়দগী হেন্না ৱাং-থোন্নরবা অহিংবা লাইনিংথৌ, মতিক মন্নাই চাউরবা, মীপুম খুদিংমক্কা ফংনবা হোৎনরিবা অমস্থুং খঙননবা হোৎনরিবা সিদবা মপু লাইনিংথৌ অসি লৈ হায়না চপ চাবা প্রমান পিন্থুনা ফোংদোকলি।

মীওইবনা অহিংবা লাইনিংথৌবু খঙমদবা মাই, মখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী মবমদা লান্না লৌরম্বা মাই, মখোয়না ইবুংঙো মহাকপু কিংনা চংলম্বা মাই, তৌইগুম্বস্থুং তশেংনমক মখোয়গী থামায়নুংদা অহিংবা লাইনিংথৌ অসি লৈ হায়বগী থাজবা ঈযুং অমদি তংতনা ফাউন্থুনা লৈরিবনি। ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা থৌনিজনিংদবা অন্থুগা মতম লৈবা খিবিক্তা, ঙাকপি-শেনবিন্থুনা ততনা লৈ হায়বা থাজদবা, ইবুংঙো মহাক্কী মতিক মগুনবু থাগৎনিংদবা অন্থুগুম্বা মীওইশিং অন্থুদি মখোয়গী ভাবনা শাবা ৱাখল্লা থুমহৎখিন্থুনা মখোয়গী থম্মোয় অন্থু মমশিনখ্রে, মখোয় মশামক্তা মশামকপু শেংদবা ওইহল্লখ্রে। মমৈথংদদি ইবুংঙো মহাকপু লৈতে হায়বা ফাউবা মচিন্না ঙাংথোকপা ঙম্মলকলে।

সিদবা মপু লাইনিংথৌবু লৈতে হায়বিবা মীওই অহুদি যুমগী মমাংদা লেপতুনা লৈরিবা "ঐনা উদবনিনা যুম লৈতে" হায়বা মমিৎ তাংবা নিপা অমগা চপ মান্নে।

অহুগা অমনা যন্ত্র খোঙতুনা ঈশৈ শক্লিবশিং অহুবু য়েংতুনা লৈরিবা মনা পঙবা নিপা অমনা "ঐনা ঈশৈ শকপা তাদবনিনা, মফম অসিদা কনা অমত্তা ঈশৈ শক্তে" হায়বা নাপঙবা অহুগা চপ মান্নে।

হায়জবা ঃ-- তাইবং মালেম অমদি নোংমদোন কোয়রৌথক্তা লৈরিবিবা তেংবানবগী মপু ইবুংঙো সিদবা লাইনিংথৌ নহাক্তী মতম পুম্নমক্কী নিংথৌনি। খুদোংথিবা খুদিংমক্তা চুংগোয় ওইতুনা লৈবিবি। ঐখোয়নসু ঐখোয়গী ইথক্তা ফত্তবা তৌথ্রবশিংগী মবান কোকপীথ্রবগুম্না ঐখোয়গী ইরালসু কোকপীয়ু।

অসি পুম্নমক ঐখোয়গী থম্মোয়সুংদা শাগোন্নতুনা লৈরিবা ইবুংঙো নহাক্কী অমৎতা ঙাইরবা নচা নিপা য়াইবিরেল লাইনিংথৌ সনামহিগী পাঙ্গলনা নিজবনি।

যাইফবা ওইহনবিয়ু।

# অহিংবা লাইনিংথৌ অমা লৈ হায়বা অসি ঐখোয়না করম্না খঙলিবনো ?

## ( HOW WE KNOW THERE IS A GOD )

নুমিৎ, থা, থৱানমিচাকশিং, তাইবং মালেমথক, উচেকশিং, শা-শিং, হৈরাং লৈরাংশিং, মনা মশিংশিং, নাপীশিং, উ-পাম্বীশিং, চিংজাওশিং, পাংশিং, সমুদ্র, নুমীৎকী মণ্ডল, নোং, থল্লিবা চুমথাং অসিফাউবা সিদবা মপু লাইনিংথৌগী মরমদা য়া ঙাংথোক্লি অমসুং ইবুংঙো মহাক্কী মতিক ময়াই ফোংদোক্লি।

"নোংমদোন লাইরৈবাকশিংনা ইবুংঙো মহাক্কী মতিক ময়াই অতু ফোংদোক্লি, অমসুং তাইবং মালেমথক্না ইবুংঙো মহাক্কী খুৎকী খুৎশেম অতু ফোংদোকলি। নুংথিল্লা নুংথিন্দা য়া ঙংযোকপি অহিংনা অহিংদা লৌশিং ফোংদোকলি। য়াঙাও অমসুং লোন লৈতে মখোয়গী খোঞ্জেল তাদে। মখোয়গী ভুমথৈ অতু মালেম শিন থুংনা, অমসুং মখোয়গী ৱাহৈশিং অসি তাইবংপানগী অরোয়বা ভুমথৈ ফাউবা শন্দোকখ্রে।"

ঐখোয়না উরিবা পোৎশিং অসিনা ঐখোয়না উবা ফংদবা পোৎশিং অতু নিংথিজনা খঙবা ঙম্মি। ঐখোয়না থবাই অসি লৈ হায়বদি খঙডি অতুম ওইনমক থবাইবু উবদি ফংদে। ঐখোয়না নুংশিৎ হায়বসি লৈ হায়বদি খঙচি তৌইগুমবসুং নুংশিৎপু ঐখোয়না উবদি ফংদে। ঐখোয়না ইলেকত্রিক অসি লৈ হায়বদি খঙডি তৌইগুমবসুং ইলেকত্রিক্কী মনুংদা তৌরিবা

থবকশিং অদুদি উবা ফংদে। মশক উদনা অডকপা থবক ময়াম পাম্বথংপিরিবা মতিক মগুন চাওরবা লাইনিংথৌবু থাগং তবা ডমদে। ঐখোয় পুম্নমক মওোন্দা চংজশি শিদবা মপু লাইনিংথৌনা মতম পুম্নমক্তা মাই পাকপা ওইসন্। অসি পুম্নমক য়াইবিরেল লাইনিংথৌ সনামহিগী পাঙ্গলনা নিজর্বনি য়াইফবা ওইসন্।

য়েহ্লৌডগী অউবা থবকশিং অসিনা নিংথিজনা ফোংদোকপিবগী মপাল্লা সিদবা মপু লাইনিংথৌ অসি লৈ হায়বা তাংলাংনা খডবা খডই। ঐখোয়না হৌজিক উরিবা মহৌশাগী থুংশেমশিং অসি অহিংবা লাইনিংথৌ অসিগী রাহৈ ডাক্লনি। ইবুংঙো মহাক্কী রাহৈ অসিদা অহিংবা অমস্লুং তৌবডম্বা মতিক য়াওরিবনি। অসিবু পুয়ানা মতিক ময়াই হায়না কৌই। মতিক হায়রিবা অসিনা মতিক মডম পাথডবনা পাইখংলকপা থবক্তি ময়াই হায়রিবা অসিনা য়াইবিরেল অহিংবা লাইনিংথৌ সনামহিগী থবক্তি।

মরম অসিনা য়াইবিরেল লাইনিংথৌ সনামহি অমস্লুং মতিক মডম পাথংবনা নুং-গী অমস্লুং পান-গী ওইবা লৈবাক রায়েল অসি মপা ইবুংঙো অতিংকোক মরুশিদবনা য়েহ্লৌডদা পিথিবা য়াথং অদু ডাক্লনা হৌজিক হৌজিক লৈডাক রায়েল তৌবিরি।

## শিংলুপকি ওইবা ফিরেপ

ঐখোয়না পুকচেল খোজেল তিন্ননা সিদবা মপু লাইনিংথৌগী মথাদা লৈমিন্নরবদি ঐখোয়না নিংবিজনা লেপ্পা ডমগনি।

লাইনিংহনশিংনা ( গুরুশিংনা ) অশুম্না হাযনবা লৈ। সিদবা মপূগী লৈভাক ৱায়েল চৎতবা, মীনুংশি খঙদবা, মীহৌচাওবা, অহিংবা লাইনিংথৌবু খৌশাদবা পুন্নমকশিং অসি ফৎতবা লাই ( Devil ) অদুদগী লাকপনি। শিংলুপ হায়বা অসি অহিংবা লাইনিংথৌগী অচৌবা খুদোনপোৎ অমনি হায়না ঐখোয়না খঙবা মতমদা লাইনিংথৌগী ওইব, অচেৎপা শিংলুপ অদু ওইরকই। শিংলুপ হায়বা অসি সিদবা মপু লাইনিংথৌগী থৌরম পাই-থৎফম্নি মকম অসিদা ঐখোয়না অচুম্বা, নুংশিবা, অথাঙকনবা পূরক্লবা অহিংবা লাইনিংথৌগী মফমদা হাযজনবা শংলেন অমনি। তাইবং মীওইবগী চাওখৎ থৌরাং পূবিররবা ঐখোয় পুন্নমক্লী পূক্লিং শেংদোকযম ওইবা শংলেন অমনি। ঐখোয়না অমগা অমগা পুকচেন খোয়জেন তিন্নবা লৈমিননরবদি শিংলুপ অদু অফবা শিংলুপ ওইরকই। মরমদি পূকচেন খোয়জেন তিন্নবা হায়বা অসি ঐখোয়গী থম্মোই মনুংদা লৈরিবা লংজবা ( পাপ ) হায়বিবা ফৎতবা অদুদগী থোরকপনি। লংজবা ( পাপ ) হায়রিবা অসি শিংলুপপু মাংহন্নবগী লাই ফৎতবা অদুগী থৌরাংনি। মীওইবগী থম্মোইনুংদা লংজবা ( পাপ ) অদুনা হেক চংখিবগা চংখিবা মতম অদুদগী হৌরদুনা য়াইবিবেল অহিংবা লাইনিংথৌগা তাইবং মীওইবগী মরক্তা মরি লৈনবা অদু থুগাইখরে। ঐখোয়গী পুনসিদা সিদবা মপুগা মরি লৈনদ্রবদি ঐখোয়না পূকচেল খোয়জেন তিন্নবা লৈমিননবদু ঙমদে। মরম অসিনা ঐখোয়গী থম্মোয়মনুংদা লৈরিবা য়াইবিরেল লাইনিংথৌ সনামহি অসি ঐখোয়গী

'লোইনবা মপূ ( ঈশ্বর ) মক্সি হায়বা থাজহুনা এৈখোয়গী অয়োল অরান পুম্নমক লাইনিংথোগী মপা ইবুংঙো অতিংঙা মরুশিদবদা হাযদে'কচরবদি ইবুংঙো মহাক্কা এৈখোয়গী অয়োল অরান কোক-পিবা ঙম্মী। অসি পুম্নমক থম্মোইনুংদা শাগোননহুনা লৈরিবা ইবুংঙো মহাক্কী অমৎতা ঙাইরবা মচানিপা রাইবিরেল লাইনিংথৌ সনামহিগী প'ঙ্গননা নিজবনি।

যাইফবা ওইসনু।

# মীওইবগী পুন্সি

ধর্ম্ম হায়বা অসি হকচাং কননবগী লম্বেল ঙাংবা হৈবগী থবক, কাংলুপকী ওইবা থবক পাইখৎনবতা নংতে তৌইগুম্বসুং মসিদি মন্ংগী ওইবা অয়িংবা পুনসি ( Spiritual life ) অহুগী মবমদা নৈনবনি। লিকলম ( ধর্ম্ম ) হায়বা অসিদি অহিংবা লাইনিংথৌবু মতৌ কবম্না পেলহনগদগে হায়বগী লম্বী অমসুং মওং তাকপগী রাকম্নি।

লিকলমগী ( ধর্ম্মগী ওইবা ) লম্বেল হায়বা অসিদি অহিংবা লাইনিংথৌগা মীওয়বগা অমৎতা ওয়না লৈমিনননবগী অচুম্বা লম্বীনি। কনা কনাগুম্বনা সিদবা মপু ( ঈশ্বর ) অসি লৈতে হায়না থাজরম্বা য়াই তৌইগুম্বসুং থাজদ্রিবা নিপা অহুগী থম্মোইনুংদা থরাইদি লৈরিবনি। অহিংবা লাইনিংথৌনা ( ঈশ্বরনা ) অসুম্না হায়বি রাখল পংশনখ্রবা মীওয়তনা "ঈশ্বর লৈতে" হায়না মশা মতোমতা হায়্রদোকচগনি।

ডাক্তর অমসুং সাইন্টিসশিংনা ঐখোয়না লৈনরিবা কা মনুংদা ওক্সিজেন লৈ হায়না হায়। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা হায়বা য়াই, ঐনা ঐগী কা নমুংদা চহি কয়ামরুম লৈরক্লবনি অদুবু ঐনা করিগুম্বা মতমদসু ওক্সিজেন লৈ হায়বা উখিদ্রি মরম অসিনা ঐগী কা মনুংদা ওক্সিজেন লৈ হায়বা অসি থাজদে।

অদুগুম্বা মীওইশিং অদুবু ডাক্তর অমসুং সাইন্টিসশিংনা অপংবা মী হায়না কৌগনি। ডাক্তর অমসুং সাইন্টিসশিংনা ওক্সিজেন থক উখিদ্রি। মখোয়গী খুৎনা কৈদৌনুংদসু শোকখিদ্রি। মখোয়নসু ঐখোয়দা উৎখোকপা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না লৈরিবা কা মনুংদা ওক্সিজেন লৈ হায়বসি মখোয়না য়ামনা নিংখিজনা থঙই। মরম অসিনা অশেংবা, অচুম্বা, সাইন্টিস অমসুং ডাক্তরশিংনা সিদবা মপু ( ঈশ্বর ) অসি মশক উদ্রবসু লৈ হায়না থাজে। খোইহি চারবা মীওইতনা খোয়হিগী অথুম্বা মহাও অদু খঙবা ঙমই। চাদ্রিবা মীওয়দদি খোয়হিগী মহাও অসিনি হায়বা কৈদৌঙৈদসু খঙবা ঙম্মোয় মতৌ অম্ুম্মা ঈশ্বর লৈ হায়বা থাজববা মীওই অদুতনা ঈশ্বরগী মুংশিবা অমসুং অচুমবা অদু খঙবা ঙম্মী।

সিদবা মপু লাইনিংথৌনা মহাক্কী লমবী অসি ঐখোয়দা ফোংদোকপিরবা মতম অদুতদা ঐখোয়গী পুন্সি ন্দসি অনৌবা পুন্সি অমা ওয়হল্লকপা ঙম্মী।

সিদবা মপুগী থরায়না ফোংদোকপিরক্লবা মতমদা ঐখোয় অসি অহিংবা লাইনিংথৌগী মচাশিংনি হায়বা ঐখোয়না নিংখিজনা খঙবা ঙম্মী।

# থোপকী মহৌশাগী ওইবা থৌদাং

## (The Physical nature of the brain)

থোপ অমম্বুং য়াংলেন শরুগী মনুংদা চেল্লিবা শিংলি অমম্বুং অমগা অমগা মরি লৈনহল্লিবা শিংলি নাউরিশিং অসি "নুংগী ওয়বা শিংলি নাউরিগী, থৌরম থৌওং" গী মঙ্গুং চল্লি। মী অমগী, চাংচৎকী, থোপকী অরুগ্বা অসি চাওরাক্লা পাউন্দ ৩/৩ (গ্রাম ১৫০০) রোম লুম্মী। থোপ অসিদা মকওয়বা শরুক অহুম লৈ।

১। মথক থংবা অচৌবা থোপকী শরুক:—
(Cerebrum):—

মসি থোপকী মরুওইবা শরুকনি। মসি চপ মান্নবা তংথায় অনিনা শেহ্‌নি অনিমক য়ামনা কুংনা কোনশিন্দুনা লৈ। মপান থংবা অচৌবা থোপকী শরুক (Cerebrum) অসিগী চাওরাক্লা ৬৫% দি থুপতোক থুপচিন য়াবা চেকখায়বা শরুনা খুমজিন্দুনা থমই। মরম অসিনা পুলপ পুননা তাশিন্দুনা থমলগা সিদবা মপু লাইনিংথৌ অহুনা থোপকী, তৌবা ঙম্বা মতিক অহু শরুক অহুমদগী হেন্না হেনগৎহল্লি।

মমাংথংবা অচৌবা থোপকী শরুক (Cerebrum) উৎমানবা পোৎশক্লা (gray matter) (The cerebral Cortex) কুপশিন্দনা লৈরিবা, ইঞ্চি ১ থানা অমম্বুং ইস্কার ইঞ্চ ৪০০ গী মফম ওইহুনা লৈরিবা মফম অহু "খঙনবগী পাঙ্গল (Consciousness)

নিংশিংনবগী পাঙ্গল (memory) ৱাখলনা শাগৎপা (Imagination) অমসুং ৱাখল খনবগী পাঙ্গল (Reason) গী মফমনি।"

"মপানগী কৰ্টেক্সগী (Cortex) মনুংদা লৈরিবা থোপকী, বিলিয়ন ভরাদগী তবামচা ফাওবগী শিংসি নাউরিশিংগী কাশিং অসি থৌরম পাংথোকফমগী (Centre) পুনফমনি। ৱাখল পিন্নবগী কয়াংশিং থুদিংমক্তা (Senseorgans) মাগী মাগী কাংলুপ কাংলুপতা" মশা মশাগী ওইবা পৰিংদা থৌৰমগী চপ চাবা ঈ-পাও পিশিন্নী। মিংকীদমক্তা ওইবা থোপকী মনিংথংবা শকক্তা, নাকোংগীদমক্তা ওইনা থোপকী নাকল অনিমক্কী মথাধংবা শকক্তা পাঙথোকই।

থোপতা পিৰকপা ঈ-পাও পুন্নমক পুন্নমকশিং অসি অচুম অরান তৌবে (Sifted) অমসুং অর্থ কোংদোকলে (Decoded) রারেপ তাবে (Decision) অতগা হকচাংগী মফম মফম থুদিংদা পাও থাখ্রে (Relayed)। মসিনা থবক নিংথিজনা পাইখৎলবনি হায়বা ভাবনা শারগ্না ৱাখল অতু নিংজিং মাজিংনহল্লি। মতাবক নদ্রগা তককলক তইবংপান্দা লৈরিবা থবক শুবা মীওইশিংগুম্না, কয়াংশিংদা পিৰকপা ঈ-পাওশিংতু নিংথিজনা চপমাননা থবক পাংথে কমিন্নৈ

সার চার্লস সেরিংতন, ওক্সফোর্ডকী সাইন্টিসনা অমুমনা হায় "থোপতা ইলেকত্রিকী মতৌগুম থুনা য়াংনা ৱাখল লাকইবা অসিদগী তাইবং পানবগী অকোয়বদা লৈরিবা পোংশিং অসি থুদক্তা নিংশিংহনবা ওমশিবা, অথাপ্পদা লৈরিবশিং, মসিগী মচু

অমসুং মখল মখলগী মচুাল অমসুং মমি পুন্নমকশিং অসি থোপতা ইলকট্রিকী মতৌগুন্না থুনা য়াংনা থকহন্নকইবা অসিগী পাঙ্গলনি।"

যাম্না চেকশিননা শরুক তকক থোকনা কুপশিন্দুনা লৈরিবা থোপ অসি অমগা অমগা মরি লৈনবা, শি লি নাউরিবা শিল্লিবা অসি, নৈনবদগী নিংখিজনা থওবা ঙমগে। ঐখোয়না য়াম্না কুপনা থোপকী মরম নিংথি লুংভায়না থওব্রী। মশিং লাকওমদ্রবা শিংলি নাউরিশিং (neurons) অসিনা থোপতা পাউ পিত্তুনা ঐখোয়না তাবা, উবা, শোকপা, থওবা, মহাও অমদি মনম থওবা ঙম্মী। ঐখোয়না থোপ অসি মেচিন অমা ওইনা লৌবদি ঐখোয়না মসিবু তাইবং পান্দা লৈরিবা খুংশেমগী মেচিনশিং অসিগী মনুংদগী থোপ (Brain) হায়বা অসিনা খুইদগী হেন্দোক থাইদোকনা হান্না লৈজবমলবা মরুওইবা মেচিন অমনি হায়না লৌগনি। মীওইবগী খুংশেন্না পুথোকপা ইলকট্রিক কম্পুতবদগী হেন্না ফজবা মহৌশাগী ওইবা, সিদবা মপু লাইনিংথৌনা শেম্বা, মেচিন অমনি। থবক পাইখৎতুনা লরিবা (Neurons) শিংলি নাউরিশিং, অসি বিলিয়ন ১০/১০ না খুজিং ওইতুনা থিনবগী লম্বীদা মনিংমখা তমনা থবক পায়খৎতুনা লে। মথেংশিং অসিনা হকচাংগী তোঙান তোঙানবা কয়াৎশিংদগী খুদক খুদক্কি ঈ-পাও লৌশিল্লি (Received Impulses) কয়াৎশিং অসিগা শিংলি নাউরিশিং অসিগা মরি লৈনহল্লিবা অসিদি সিনেপস (Synaps) শিং অসিনা মরি লৈনহল্লি। সিনেপসশিং অসিদি মক মক ওইবা জংসন কয়া লৈবগুম্বনি।

কয়'ং খুদিংমকপু তাইশিন্নহল্লিবা সিনেপস (Synaps) শিং অসিদা কয়াৎ অমদগী কয়াৎ অমদা য়ায়া থুনা ঈ-পাও পুত্নুনা থবক পাঙথোকই। শিংলি অমনা মীকুপ মীকুপ খুদিংগী (Persecond) থবক পাথৎলক্নুনা চাওরাক্না মিলিয়ন লিশিংগী মতম লৌদুনা য়ায়া মতিক মণ্ডম চৎনা থবক পাইখৎলি।

মসিদা "সাইকোলোজি ওফ ইমাজিনেসন" হ'যবা জোন, সি, একক্লেস, প্রাসিদেন্ট, অসত্রেলিয়ান, একাদমী ওফ স'ইন্সনা অস্নুমনা ফোংদাকখিবা ৱাফমনি। মীওইবগী থোপ (Brain) অসি কয়াগী মতিক মমল য়াম্বগে হায়বা অদু ঐখোয়না মফম অসিদগী খঙবা ঙমই।

টেলিফোন একচেঞ্জ অমগীদমক টোন ৫০০ রোমগী খুৎশু-খুৎলাই চঙই। লাইন ১০,০০০ ঈ-পাও থ'নব' মতম চাংদনা থবক শুননবা মী লিশিং ৬২,০০০ বোম চংগনি। ম ইল ৮০/৮০ গী কেবলস (Cables) অমসুং ২,৬০০০,০০০ একচেঞ্জ অ'সগী শমদোক শমজিন তৌনবা থোবম চংই। অদুম ওইনমক মীওইবগী থোপ (Brain) অসিনা টেলিফোনগী থবকশিং অদুদগী টোন ৫০০ দগী হেন্না ঈ-পাও থাদোক থাজিন তৌই। তৌইগুম্বসুং ৱাথং পিবিনবা মী কনা অমত্তা য়াওদে, নিংশিংবিনবা মী কনা অমত্তা য়াওদে, মরম পিবিনবা মী কনা অমত্তা য়াওদে—। সিদবা মপু লাইনিংথৌনা চপ চানা নিংথিজনা ৱাখল লৌশিং থবক পাইখৎনবগীদমক মীওইবগী (Brain) থোপ অসি তাইবংপান্দা লৈরিবা হৱাগাডীগী মেচিন, এরোপ্লেনগী মেচিন মখল মখলগী

অঙকপা রাখলশিংদু মথোয় অসিগী য়া-নবা অমসুং থবক পাঙ-থোকপগা মরি লৈননা থোপকী শরুকশিং অসিদা পুখৎলকই।

থোপকী মরুওইবা শরুক অমসুং মসিগী চাংদমনিংদাই লৈত্রবা কুয়োম অসি মীওইবগী থোপ (Brain) অমসুং এপকি (য়োং অচৌবগী) থোপ (Brain) অনি অসিগী মরক্তা লৈনরিবা য়াম্না খেন্নখ্রবা রাফম অসি হৌজিক্কী মতমদা থরা ফোংদোকচবা পামজৈ। মওং মতৌদা য়েংলুরবসু য়াম্না থেন্নৈ।

প্রোফেসার সিঃ জুদসোন হেরিক, দিষ্টিংগুইস, চিকাগো নিউরোলোজিসনা অসুমনা হায়ঃ—

"ইচম চমনা লৈবা মতমদা, য়াম্না মপুং ফাত্রবা, নিপা মগী থোপ (Brain) অদুনা য়াম্না মপুং ফারবা এপ (অচৌবা ং) অমগী থোপ (Brain) তগী শরুক অনি হেন্না চাউই। পুং মীওইবগী চাংচৎকী, থোপকী মওং মতৌনা "এপকী ঃ অচৌবগী) চাংচৎকী থোপকী মওং মতৌদগী শরুক ৩ চাউই"। মীওইবগী থোপ (Brain) না হেন্না চাউবতা
২। না করিগুম্বা মফমশিংদসু য়াম্না থেনবা কয়ামরুম লৈ।

এপকী থোপকী শরুকশিং অদুদা রাখল ফাওরকপা ceivesence impression) অমসুং মশলনা লেং-থোৎপগী অমসুং about muscular movement) থবক্তা, মীওইবগুম্না ঐথোঙ্গাম্নরবসু। মীওইবগী থোপতদি, মরমচানা লৈনদুনা (বলসoning association areas) চাওখৎ থৌরাং পুরক্নবগী-হেন্দে অপুনবা থবক পাংথোকফম লৈ অমসুং অরাংবা থাকী

ব্রাখল খন্নবা মচাকস্থ লৈ। "ব্রাখল খন্নবগী পুনসিননা লৈরিব' শরুকশিং অদুনা" মীওইবনা লাইরিক পাবা ঙম্মী, ব্রা-ডাংবা ঙম্মী, অমস্তুং হৌখ্রবা ব্রাফম কয়া নিংশিংহনবা ঙম্মী।

অতোপ্পা মীওইশিংনা অস্লমনা হায়ঃ—

"ব্রোকাস্ কোনভোলুসন (Brocas Convolution) হায়না কৌবা মমাংথংবা লোবকী শরুক্তা লৈবা (In the Fiont Lobe) কোরতেক্স (Cortex) কী অপিকপা শককশিংদু মীওইবনা ব্রা ডাংথোকনবগী হৌরকফমনি (Centre) অদুগা য়োং অমস্তুং এপকিদি হায়রিবা মফম অদু লৈতে।

মতাং অসিদা অমুক খরা নিংখিজনা পনজনিংঙি ঃ—

য়োংদগী মী ওল্লকপা মতমদা থোপকী লৈবিবা মথংশিং অসিনা য়াম্না খেন্নবা মরমনা য়োংদগী মী ওল্লকই হায়বা অসি য়াম্না চিংননিংঙাই মচাকনি।

মপান থংবা লোবশিং (Lobes) অমস্তুং মমুংথংবা লাবশিং (Anterior Lobes) অসিগী চাওথোক চাওশিন তৌবগী (Enlargement) চাংদম্নবা মতমদস্থ য়াম্না খেন্ননা লৈব' মরম্না য়োংদগী মী ওল্লকই হায়বা অসি ওইথোক্রবনি।

মতৌ করম্না মীওইবনা পাক চাওনা, শন্দোকনা থগুং। ব্রাবা থোকপা (Enlarge Brain) অসি ফংলিবনো ?

করম্না মীওইবতনা ব্রাখল খনবগী শরুক লৈরিবা (Brain Areas) ব্রা-ঙাংবা ঙম্বগী শরুক লৈরিবা, খিজন হুমজনবগী খণবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈরিবা, অদুগা সিদবা মপু লাইনিংথৌনা

শেমখ্রবা অঙ্কপগী থোরমশিং অসিবু নিংশিংবা ঙমলিবা, পুন্নমকশিং অসি মতৌ করম্না ওইরকলিবনো ?

পুন্নমকশিং অসি সিদবা মপুগী থোবাং অমম্ুং থোরম ডাক্তনি। মীওইবগী মশানা মরনাইগী থোপ (Brain) শাবা ঙম্বা নত্তে। 'মীওইবা অমম্ুং এপাকী মরক্তা দৈবরিবা থোপ (Brain) অসি যাম্না থেন্নে" হায়বা অসি ইরাই লায়না উবা ঙমই মরম অসিনা ইভেলুসন থিওরি অসি মপুংফানা পেনবা য়াবা ব্রাফম অমা ওইদে।

মরম অসিনা ঙমুদগী হত্তোই, হত্তোইদগী যোং, য়োংদগী মী মথং মথং ওইরকই হ য়বা অসি ঙমুগী থোপনা, হত্তোইগী থোপ ওইবকপা য়দে হত্তোইগী থোপনা যোংগী থোপ ওইরকপা য়াদে, য়াংগী থোপনা, মীওইবগী থোপ ওইরকপা য়াদে। য়োংদগী মী ওইরকপা তাববদি বরিগুম্বা মতমদা য়োংনা মী ওনখ্রে হায়বা অসি তাবমগদবনি অত্বু হৌজিক ফাওবদি অমুক্তা তাদ্রি উম্নু উদ্রি মরম অসিনা য়োংগী থোপনা মীওইবগী ব্রাথল থনবা ঙম্বা থোপ অসি ওইরকপা য়ারোই। মরমদি সিদবা মপূ লাইনিংথৌনা শেম্বা মতমদা য়াংনা যোং ওইনা শেমখিবনি, মীনা মী ওইনা শেমখিবনি।

# পোলোলো হায়রিবা তিল মখল অসিগী উৎথোকপদা কান্ননিংঙাই ওইবা মচাক

ইৱেটরগী থা থংবা শরুক্তা লৈবা সামোয়া, ফিজি অমস্তুং অতোপ অতোপ্পা পেসিফিকী, দিপশিংগী অকোয়রবদা লৈবা সমুদ্রগী ঈশিং মনুংদা লুপথডুনা লৈবা চিংশাংশিংগী মপান মপান্দা য়াম্না লুথনা লৈবা কোঙ্গুং কোঙ্গুংশিংদা পোলোলো হায়রিবা তিলশিং অসিনা লৈ। চহি খুদিংগী অমুক অমুক, অককনবা মতমদা পোলোলো হায়রিবা তিল মখল অসিনা সমুদ্রগী ইমাই থক্তা মশিং লাবডুমদনা লৈ। ইৱেটরগী থা থংবা শরুক্ত বসন্ত ঋতুনা হেক চালকপা মতমদা নবেম্বর থাগী পুনিমা মতুং হাপতা অমা হেক শুবা মতমদা ইকাই কাইদনা পোলোলো হায়রিবা তিল মখল অসিনা সমুদ্রগী ইমাই থক্তা থোরক্লই। হায়রিবা লম অদুগী কেলেন্দরদা মসিবু "পোলোলো তাইম" হায়না অদুম থডনরে।

তিলশিং অসিনা চাংচংতা ইঞ্চি ১৮ লৈম শাংদোকপা ডল্মী। নবেম্বর থা চৌরমদাইদা তিলশিং অসিগী মনিং থংবা শরুক্তা হান্নদগী শরুক অহুম শা দোক্তুনা লৈবিব শরুক অদু, নোইথংলকই অমস্তুং অমোমশিং অদুদা মিনিট মিনিট খুদিংগী মরুম চংহল্লি অদুগা লাবা শিংদবা "বুক্সগী" শরুক হেনগংহল্লি। মথোয়না ঈশিং ইমাইথক্তা শাথংবদবগী মিকুপ য়োরকলবা মতমদা

মখোয থুদিংমক্না মখোয়গী লুথনা লৈরিবা মথুল অতুদগী কোন-শিন্দুনা মনিংহন্না কাথংলকই। অতুগা মনিংথংবা শকক অতুনা ভংতুনা ভাহৌই অমসুং কোনশিল্লগা ঈশিং ইমাইথক্তা কাথংলকই। তিলশিং অসিগী অহানবগী শককশিং অতু মখোয়গী মকোন্দা লৈহৌই। অমসুং ইনৌ নৌবা মাম অমা অমুক শোগংলকই, অতুগা অমুক্কী নাবম্বব থোরকপা মতমদা অমুক হন্না তিল অমোমশিং অতুদা মকন চংহল্লি ' পোলোলো হায়রিবা তিল-শিং অসিগী মনিং-থংবা শকক অসিনা ঈশিং গী লৈমাইথক হেক যৌবা মতমদা "বোম পোকখায়বগুম্না' পোকখাইরকই অমসুং মকনশিং অতুনা ঈশিং মন্নুংদা মৈতৌতুনা চাকখংলকই তিল অতুগী লেমহৌবিবা অহাংবা চপশিন্নকলব শকনশিং অতু শিরতুনা সমুদ্র মথাদা লুপথখিবনী। পোলোলো হায়রিবা তিল-শিং অতুগী, মশিং থিঙমদ্রবা, মিলন কয়া কয়না মাজাবিতি ওইতুনা লেংবা চহি অমগী মন্নুংদা নবেম্বরগী পুনিমা মতুং ন্নমিং তারংনি শুবগী অনুক্তা মতম ইকাই কাইদনা থোকলিবা তিলশিং অসি খা থংবা পেসিফিক্কী সমুদ্র মন্নুংদা লুপথতুনা লৈরিবা চিংশাংশিং অতুগী য়ম্না লুনা লৈথ্রবা মথুল অহোবশিং অতুদা মরাং কায়না লৈ।

বরোজনা অসুম্না হায়— চহি চহি থুদিংগী অহোংবা অমসুং অশোয়বা লৈতনা "গাগী অমসুং চংলিবা ঈচলগী খোঙচংতা অককনবা তাবিক্তা পোলোলো হায়রিবা তিল অসিনা চহিগী ওইনা থোরকই।

(Animal wonder world, P P 153, 154)

য়াম্না তোল্লবা পিল্লবা তিল অসিদা "মতম অমস্থুং থাগী থোংচৎ" কায়দনা হোৎনরিবসি কনানা তম্বীবনো। নবেম্বর থাগী পুর্নিমা মতুং চযেল অমা লৈরগা করিগুম্বা অমত্রা সেমদনা থোরক্লিবা অসি কন'না তাকপিবনো? কবিগীদমক নোনা পোকলকলিবা অনৌবা শুথাংদমু চহি চহি খুদিংগী তারিক অমত্তুং নোংমা ফাউবা শোয়নদনা ঈশিংগী ইমাইদা থোবকলিবনো? মসি পুম্নমকশিং অসি সিদবা মপু লাইনিংথৌনা শেম্বিখিবা থৌরাংগী মতুংইন্না পাইখৎলক্লিবা থবকনি।

অহিংবা লাইনিংথৌনা য়াইফবা ওইসনু।

---